মকোংবা :—

১। খোংহামপাং
মীতৈ মরূপ মশা লোয়শং

২। থাবল,
মীতৈ মরূপ মশা লোয়শং
মীতৈ লৈপাক ( মণিপুর )।

অহানবা থূংলম
ডিসেম্বর, ১৯৮৫ ইং
মশিং :— ১১·০০

[ লৈবা থিবিক অইবগীনি ]

নম্ফম :— নিমাই এণ্ড সন্স প্রিন্টিং ৱার্কস, পাওনা বাজার, ইম্ফাল।

# ৱাহৌদোক

হৌজিক্কী মতমদা, মীতৈ লীচং ( ধর্ম ) না হিংগংলকপা অসিদা, মসিবু থাজবা অমদি থাজনবশিং কয়ানা মসিগী মরমদা নৈনরকলি। মতাং অসিদা, মীতৈ লীচং ( ধর্ম )বা শিরুরবদগী অমূক হিংগংলকপগী মরম থম্না লাইরিক মচা অসিদা শম্লপনা নৈনহুনা উংচরি।

লাইরিক মচা অসি হৌখিবা আপঙ্গ, ১৯৮৫ ইংদা ইজবনি। কোংবা থুদোংচাদহুনা নৈরম্বনি, অদুবু হন্দক, খোংহাবপাং অমস্তুং থাবম মীতৈ মরূপ মশা লোয়নং অম্লিনা লুপা চামগা চামগা শেলগী মতেং পাংবীরকপদগী কোংদোকচরবনি। মসিগী দমক্তা ভেংবাংবীরকপশিংবু ভৌবিমল থংবা উংপগা লোয়ননা থাগৎচরি।

কোনসবা ইবোচৌ

ইম্ফাল, থাংমৈবন্দ হিজম লেরাক লৈকাই

১৭.১২.৮৫ ইং ইম্ফাল, মীতৈ লৈপাক ( মণিপুর )।

# মীতৈ লী·ং হিংগৎলকপা

মীতৈ কৌবসি মপুং ফানা লৈবাকশৈচা' ভাগী ( পূর্ণসভ্য ) ঐরূপ ( জাতি ) অমনি হায়বসি মীতৈগী ঈনাৎ, লীচং ( ধর্ম ), কংলৈরোল ( বেদ ) পুয়া-পুদিল ( পুরাণ-সাহিত্য ), লোল, মযেক অমস্তুং চ নবী কয়া তোপ তোপ্পা লৈরিবশিং অসিগী মতিক-মখাম্না অহুনক তাকচরি । মতম অমদা, মীশিং য়ামদবা মীতৈনা, মসিং মখা তয়', যুমলোল-কৈরোলবা লৈপাকশিংনা ইকাইখুম্না, মশক নায়না পাম্লমী হায়না বারী-শিংবুল (ইতিহাস) গী লাথাঙদা ইরি । থাক অমিদা লৈজরবা মীতৈনা, চসিগী কিতমদা তাকপদি, মীতৈগী হৌরবা পুক্লিদা অচৌবা অশোয়বা লৈখিবদগীনি হায়না বারী শিংবুল ( ইতিহাস ) মা পাউদমলি ।

মীতৈগী লেমজবা ঈনাৎ, লীচং ( ধর্ম ) পাঙল-লৌশিং, থৌনা অমস্তুং লন-থুম মাংবা হৌখিবনি চহি চা ১৮ হৌগৎলকপা পামহৈবা নিংথৌগী হাক্তকতগীনি । পামহৈবা নিংথৌনা শান্তদাস কৌবহৃপা লৌভুনহৃদা লাইনিংথৌ সনামহীগী কোলু ( মূর্তি ) থুগাইহনা, কংলৈরোল, পুয়া-পুদিলনচিংবা লাইরিক কয়া থৈ থালোকহনা ; মোংগ্রং পায়বগা ঐরূপহন্দুনা অমস্তুং মীহাৎ-মীপুন

কয়া তৌহুনা মীতৈবু হিন্দু ধর্ম্ম নখহুনা চৎহনখি। বাংভি হায়রিবা হিন্দু ধর্ম্মনা মীতৈদা চংঙকপদি, অঙ্গম্বা হিংচাবগী মশক লৌহুনা লাকখি।

মতুংদা, পাখংবা নিংথৌগী মতুং তাবা নিংথোংশিংনা হিন্দু ধর্ম্মগী মথোং শোয়-শোয়দনা লাকপনা, ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌগী হাকতংদি মহৈ কয়না য়ানখি। ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌনা শ্রীশ্রীগোবিন্দ-নচিংবা লাই কয়া লিংখৎহুনা, মাদু শাগৎনা মীতৈবু হিন্দু ধর্ম্মদা পূর্ণরূপ লূপহনখি। পূর্ণরূপগী মতৈলা মীতৈনা অমত্তা-মংলানা ভাউহুনা নিংশিংবা থোকনা লৈখি।

মতাং অমি, মীতৈগী মখা পুক্কিং খুংশিন্নিংতাই ওবনি। মীতৈগী লাইশিংবু লাইবাং ওনহনগা হিন্দুগী লাইশিংবুত্তনা লাইশেং ওয়না থনহনখি। মীতৈগী লাইকখশিংদা হিন্দুগী লাইশিং লাংশিন্দুনা হিন্দুগী লাইকখ ওহোকখি। ইংলেংগী অপা-মীপু লেংকপা মরেক তাংলপু থাংলাকহন্দুনা হিংগী লৈরদা ঈবাং-থৌনি তৌখি। মীতৈরোল মাংহনগা সংস্কৃত লোলনা লাইরোল ওয়হন; মীতৈ ঈশৈগী মহৎতা বাঙ্গালা অমসুং সংস্কৃতকী ঈশৈনা লায়-ঈশৈ ওয়হন; মীতৈ মরেক চৎনহন্দনা মপানগী মরেক পুশিনকনুনা মীতৈনা মীপান ভাংহুনা হিংখি।

মীতৈনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌরুবদগী মীতৈ লৈপাকপু "মণিপুর" হায়না খোনজিনহুনা, মহাভারততা য়াওরিবা মণিপুরগুনি হায়-জিনহুনা মীতৈবু বভ্রুবাহনগী চাদা-নাওদা ওয়হনখি। মীতৈ হায়বগী মহুৎতা "মণিপুরী"; মীতৈরোল হায়রবগী মহুৎতসু

"মণিপুরী" হায়রুনা হিন্দুগী লেংদা পুংচন-চায়বা হোক্লৌখি। অদুগা চহি ২০০ রোমগী মতমতা মীতৈনা ভুমহুদা লৈখি।

অদুগা ভুমহুনা লৈরবা মীতৈবু লাইনিংহল নাওরিয়া ফুলোমা মাকায়রোল লক্নুনা হৌদোকখি। অহল ইবুংঙোনা ১৯৩০ ইংদা "অপোকপা" মরূপ লিংখৎহুনা কাছাড় লাইনিংনদগী মীতৈ লৈচং (ধর্ম) হিংগৎহনবা হৌখি। মীতৈ লৈপাকী মোংচুপলোমদা লৈবা কাছাড়দা পোকপা, পাম্রী-পুৰীপী মতুং ইন্না "অরিবা লৈচং ওয়বা লাইনিংহল ইবুংঙোনা মীতৈশিং কংলৈরোমিং," পুম্নমক্তিংবা থিজিনহুনা লম্দোক্লগা মীতৈগী লাইনিং-লৈচং হৌজিনবা হৌখি। অহলনা ভাইবং কাউখিকা (পোকখিবা) মকক, মতেম অমগুং মহাকী থবক্তা মহাক অসি মীতৈ পুম্নমনা ঙাক্লমহৌখি— "মোংচুপলোমদগী মীতৈ অরিবনা পুম্না কৌকখোং ন চুমা লাকলে, মতমতুদা মীতৈগী লাইনিং-লৈচং পুক্নমক অমুক হৌরকনি।" লাইনিংহলগী খোঙজাম কংছুনা মহাকী পাঙ্থোক পাঙ্থোকপা মতুং ইন্না মহাকা মথা ভাবদা অহল ইবুংঙোশিং তখেল্লম্বা থোকচুল, পুরুষ সূর্য্যচান্দ অমসুং পুত্রবা ইবোমচা অহয়া লূচিংহুনা ১৯৪৫ ইংদা "মীতৈ মরূপ" লিংখৎতুনা মীতৈ লৈপাকতা মীতৈগী অনৌবা লৈচং (ধর্ম) হিংগৎহনবা হৌখি।

শিক্লরবা লৈচং (ধর্ম) অমবু অমুক নোনা হিংগৎহনবা হায়বসি অন্নাইবা থবক ওয়দে। কাছাড়দা লাইনিংহল ইবুংঙো নাওরিয়ানা অরাবা কয়া মায়োক্লখি। মহাক অমসুং মহাকী কাংবুবু লৈবাক্তা ইথোকতুনা মচিন-মনাও শাগৈ-মাতৈ কাওনা

চংনখিদে। মহাক চংবদা য়ুম কাওবা মাংখি; মহাকী মমিং পনবতদগী অমাংবা ওয়খি। মহুগী মথক্তা, মহাকপু হাংনবা কাউবা শরৌ কয়া ভোঁখি। মতমমতুদা মহাক অমসুং মহাকী কাংবু হানা থাংখি।

মীতৈ লৈপাকতা মীতৈ মরুপ পোকপা ইহুই কুইদনা ১৯৪৭ ইংদা মীতৈ মরুপকী মীওয় ৩৮ বু হিন্দু ধর্ম থাদোকহুনা মীতৈ লৈচং (ধর্ম) চৎপগীদমক্তা লৈচং (ধর্ম) মায়কৈ হায়হুনা চাবা-থক্পা, লাইথৌ (ধর্ম কর্ম), অমদি হরাও-কুমৈ। উৎসব-মেলা) নচিংবদা তিন্নবা য়াদে হায়না "ব্রহ্মসভা" দা লৈবাক্তা পাউজেলহুনা ইরপোকখি। মহুনা মরম ওয়হুনা লৈবাক্কী মীতৈ মরুপপু ইরপোক্কনা মচিন-মনাও শাগৈ-মাতৈ অমসুং চাইরি-লেপলিনা চংনখিদে। মীতৈ মরুপ তোপ্পা তাহনা হানা থাংহুনা লৈখি।

মীতৈ মরুপপু ইহোকপনা শিবা তমদবদগী, তোংতান-তোংতানবা পাগৈ কয়া শিজিনহুনা মাইথিংবা পীহুনা মুৎননবা হোৎনখি। ব্রাহ্মণ, অথং-অতৈ, লাইরিক-লাইথু হৈবা কয়ানা লৈচং (ধর্ম) অমসুং বাংতুরোল (দর্শন শাস্ত্র) দা মাইথিবা পীনবা মীতিন কয়াদা য়েংনখি। অদুবু মহৈ য়ানবা তমখিদে; অমরোমদা মীতৈ মরুপনা মীতৈগী লৈচং (ধর্ম) অমসুং বাংতুরোল (দর্শন শাস্ত্র) বু তাখোকহনবগী থুদোংচাবহুম কংখি। মহুনা মরম ওয়হুনা, মীতৈ মরুপকী মাশিং নোংমা নোংমগী হেনগৎলকখি।

*মরুওইবা, মীতৈ লৈচং (ধর্ম) বু হিংগৎনবা হোৎনবদা লুচিংলবদি লাইনিংৎলা নাওশিংবা কুলোগী মথংদা,

মোংগাগ্রবা অহল ইবুংঙো ভগেল্লবা বোকুলনি। মহাক্না লৈন্ত-লাইরগী অবা-অনং, লোম্না চে পীহুনা কিহনবা কয়া অমদি মাবু লোম্না হাংকে ত্তোবা কয়া খাংহুনা অহিং-সুংখিল নায়দনা মীতৈগী দমক্তা হোৎনখি। মীতৈ লৈপাকী কাচিন-কোয়া থুংনা চংতুনা নোংমদা পুং ৩/৩ লোম মীতৈগী ঈনাৎ, লৌচং, বাংঙয়োল, কংলৈয়োল, পুয়া পুদিল, লোল অমস্নুং মরেকী মরমদা বারেং কোংহুনা মহাক্না মীতৈবু হোৌদোকখি। মমৈদা খোৌর্জে পায়হুনা মমল যাম্নবা মীতৈগী ওয়বা লাইরিক কয়া ইহুনা, মহাক্না মালেমদা মীতৈনা মীতৈ লৌচং (ধর্ম্ম) চংতুনা মীতৈ ঈনাৎ কন্দুনা হিংনবা হোৎনরম্মী। মহাক্না চহি ৩৭ লোম কমা হোৎনহুনা মীতৈগী দমক্তা মহাকী মপুন্সি কৎ-থোকখি। মহুগী মথৈনা, ওসিদি মীতৈ লৌচং (ধর্ম্ম) হিংগৎহৌরে।

শিক্কয়বা মীতৈ লৌচং ধর্ম্ম না অমুক নৌম্না হিংগৎলকপসি লৌচং (ধর্ম্ম) অসিবু হিংগৎনবা হোৎনখিবা লাইপোক ওয়বা মীশকশিং অহুগী থৌনা দৌশিং অহুতননি হায়বা য়াদে; লৌচং (ধর্ম্ম) মশাগী মতিক-ময়াম, মকম অমস্নুং মতমগী অচৌবা মপাঙ্গল য়াওরি। পান্দম অমদা কয়িঙ্গবা মরু অমা মকম অমদা হুনখিংবা মতমদা হৌরিবগা নিংথিনা হিংহুনা হৌবা ওমদে; অকবা মকমদা অচংবা মরুনা মতম চানা হল্লগত্তা নিংথিনা হোৌনা হিংবনি। মতৌ অদুয়া, মীতৈ লৌচং (ধর্ম) না অচংবা মরু ওয়বদগী, মীতৈ লৈপাকনা মহী ময়াম চেনবা অকবা মকম

ঙাইহিংখো সোরারেনগী লাইয়াখশিংগা কৌব্রুচীংদা পাব-খিবা. কৌব্রুচীংদা ঈহান হান্না কাউগৎখিবগী বাৰী লাইনিংথৌ মাওখিয়া মুংশোনা অদুগা সিরম্বী—* + ঈপুরোইগী পুক্লিংদগী অহল মচা চোংখোকখি। অহল মচানা চিংলোকহুনা বা অমখি। মহুনা ঈপুরোইমা হন্নাওহুনা খৌসাখি। ঈপুরোইগী মাথংদগী অহন মচাহু বৈ ঈশিং, নুংশিং, লৈপাক অমসুং অতিয়া মচাদি ওইগে। ভেংবানবা ওইবা মতুংদা ঈপুরোইনা বাখল ভৌখি। মকাক্কা মতিক ময়ামদি শিংথানবা তাইবং শেমনবা অদে থনখি। তাইবংনা তুমননবা লৈপাক লৈছা পুথত্তবা হাদে হায়হুনা ঈপুরোইনা ঈতারেন মখোং ওইবহুনা ঈহুংদা নুপাখহুনা মাংলম লৈছা খিখি। লৈছা কংনরহুনা পুখংপা হোংলৈন, চংশখদ্রে। খেঙ্গুরেন মখোং লোৎহুনা পুখংপা হোংনরে। ভৌইতৎসুং মখোং তেঅবা মতম ঈথাই কাওনা পুখংপা চমখিদে। মতুংদগী ঈশিংনা পাৰৈ ওইহুনা মনঙ্গদা মালেমবু হাপতুনা থমখি। ইবুংঙোগী পুক্লিংনা মিংবা মতুং ঈশ্বুদা ওকহারেন ওইহুনা চকচাও পাবেনা মালেমবু চিংখংতুনা পুখংলে। মরীং কোব্রুনা চিংদা নাওপোমগা লোইনহুনা ইহান হামবদা কাওগৎলে। ইপুরোইনা মকোকথক্তা মালেম থোংহুনা, ঈশিং ঈমায় মাওহুনা খাঙ্গৎতুনা থমে। কমা হেন্দোরকপা যেংবী নুংশিতগী শোরারেনশিংথা লাইয়াখবু মথং-মথং থোরকতুনা চাংজোন তয়া কাদ্রে। যেংবী নুংশিং শিংখিহুনা ওরী অবী

+ ঐগী বারেং ( লাঃ ১—৩ )

কাওরক্লম্‌না লৈমরেন সিদবীনচিংবী লাইরেম্বী পুমমকম্‌ মথং মথং থোরক্লে। লাইয়াম্না চংখিবা লমদাং মচুং ইম্‌না লাইরেম্বী পুমমকম্‌ চীংদোম্দা কাখ্রে। লাইয়াম্বগা উমম্বহুনা মুংশি বাথম্না লৈবুন ওইরদনা তুগা বা-গা পানদনা মঙাং মতোম্দা মুংঙাইনা পানখ্রে! কুইনা কাবথোকখিবা খুংশিংকা লোইননা অপানবা পুম্বক চোংথোকখিহুনা তরং নোংদোম্দা মকম মকম মাইনা তাম্‌না লৈংরে। অমম অতানম্‌ থায়ংরে। ঈপুরোইগী ভুখোংদা হুমাং মরিক ফুদোকখিবহুনা "সরোই" কৌবা ফুরুপ অমা চোংথোক্লে। ঈপুরোইগী মছাগা লোইনবমি হায়হুনা মহোয়বু সরোই কৌখি। মহোয়স্ থাইয়াম্না কাখিবা লমদাং ইম্‌না চীংদোম্দা কাখিহুনা লাইয়ামগা উনক্লে। লাইয়াম্না মহোয়বু কৌক্র লোকচপ্তা খুম্দাহনাখি। থমনিংবা মকমদা মালেম লৈছা থম্লগা ঈপুরোইদি তম্না খুপংরে।"

লাইনিংথৌ সোরারেন্না লাইয়াম্বশিংগা লোয়ননা কৌক্র-চীংদা মুংঙাই য়ায়কনা পানখ্রে। অহুম্না লৈরিবৈ মতমদা ঈপুরোইনা তরং লাইপাউ হায়খি; মহৎ নাওরিয়া অহলনা অশুম্না লিরম্বী "O ··ঈপুরোইনা সোরারেন মকমদা তরং পাও হায়রক্লে—সোরারেন মংনা তাইবং শেম্লু। তাইবংনা লৈননবা থা থংবা ঈপাকী ময়াইদা লৈরবা চীংলেন চাঙোইগে মতোন খুগাইহুনা ঈপাক মুনজিম্‌না লৈসেম্লু। তম্পাক শেমহুনা লোইরম্না নিংথৌ ওইহুনা লৈপাক তাকউ। কৌক্রগা মুম্বা মেংউ।

ঞগী বাখেং ( লাঃ ৮ )

ঐদি মতম চানা নংগী চকু অহিংবগী মথুংদা ছুমনিতা সুবা অতাংগী মওং ওয়না লৈরগনি। ঐখু নংনা নচাগী মতমগুম্না য়োকউ। নংনা তাইবং শেৎপা মতমদা ঐনা নংগী নত্তেং পাংলগানি। অসি হায়দুনা থকগী লাওরক্লে। লাইপাও মচুং ইমা সোরারেনা লাইথাবগা লোইমদুনা ঈপাক নাকা কুমক্লে। উনিংথৌ কোরিবনা হিয়াং তিরেন সাদুনা লাইয়াম্না তোংলগা চৌংলেন চীঙ্গোই তাম্না হোনক্লে। ঈপাকী ময়ায়দা হীরেন থাংলদুনা সোরারেনা ঈরাইলৈমগা উনরে। মকন থৌথু "লম্নাংথাং" হায়না খংনরে। চৌংলেন মথোং য়োয়গা, চৌংগী মতোন অদুনা নোংগী মখাই কংনা বাতি হায়দুনা চৌংলেন চীঙ্গোইবু "নোংমাইজিং" হায়না খোল্লে। সোরারেনচিংবা লাইয়াম্না চৌংদোম্না কাখৎতুনা চৌংদোন থুগাইরে! চৌংদোনগী লৈছানা ঈপাক কুনখ্রে। লাইয়াম্না কুমথরকতুনা লৈপাক লেম্নদুনা মুম কৈ সারদুনা পালে। সোয়ারেনা কিংথৌ ওয়রে।"

মথক্তা পনথ্রিবা নোংমাইজিং কৌবা চীংবু তেমথাইদুনা ঈপাক কুম্লগা লৈপাক শেমদুনা লাইমাথশিংনা পানবি হায়রিবা চীং অসি লাইরোলদা অমুম্না শৈথানরি—

"নোংপোক লৈহৌচীং
সেলোই লংমাইচীং
সেলোই ভঙ্গপচীং
লংমাই তরংচীং
সেলোই নিঙ্কচীং

লংমাই হাদচীং
নোংমাই উয়াওচীং
সেগোই উগুচীং।"

তাইবং পোক্নুনা শন্দোকখিবা, লৈশেম্বা কৌখিবা: অমাং-অতা লৈতনা, লেংদনা, নিংখিনা লৈরগদবা, য়ুহারাবদা য়াওত্রবা, ইপৈ-নোংমাই অমদি য়ুমালবগী পোৎচং কয়া পুখোকখিবা চীংনি হায়হুনা নোংমাইজীংবু মথক্তা অস্থুয়া শৈখানবনি। খোইদোক্না ভকপা বাকম অমনা—নোংমাইজীং চীং অফি নত্তবা, মালেমসিদা য়ুহারাবদা য়াওদবা চীং কয়া লৈরমখিগদগে ?

হায়রিবা নোংমাইজীং চীং অসি তেমখাইহুনা শেমখিবা লমদম অহুবু লাইনিংহল নাওরিয়া ফুলোনা অস্থুয়া হায়রম্মী—"* লাইয়ায়া সেমখিবা ভম্পাকসিবু 'মীতৈ লৈপাক' হায়-রিবসিনি।"

লমদম অসিবু 'মীতৈ লৈপাক' হায়না কৌখিবসি মীতৈ কৌবা ঐরূপ (জাতি) অসিগী হৌকম-শাৎকম অমদি পাল্লককম ওয়বদগীনি। লৈপাক অসিগী মতিক-ময়ায়না মফম অসিদা মী পোক্নুনা পাল্লকখিবগী বায়ী লৈরি। মীতৈগী লাইরোলদা তাইবং মী শেমখিবগী বায়ীহু লাইনিংহল নাওরিয়ানা অস্থুয়া লিরম্মী—"+ সোয়ারেয়া চফু অহিংবগী মহুংদা স্না মচু মানবা অতাং অমা কংলে। মমিংদি 'ফুহিংসি' হায়না খোল্লে।

---

* ঐগী বারেং ( লঃ ৮ )
+ ঐগী বারেং ( লাঃ ৪—৫ )

সোরারেনা মচাগী মতৌশুম্না য়োক্লে। স্নামহী কোননেন ভুরৈনসেংবা অসিনচিংবা ফিংথোনসু থোকলে। লৈথরেনসু মতম ওইরহুনা পাখংবা পোক্লে। মহোয় অনিমকসু চাওখিরে। সোরারেনা স্নামহীবু ঈপুরোইমকনি খংদুনা তাইবং শেম্বু হায়দুনা য়াথং তৌরে। তাইবংপীদমক হৈ-লৈ, উরি, উপালম-চিংবসু শেম্বু হায়রে। স্নামহীনা সেম্লকপা মতমদা মনাও পাখংবনা লোইনা থুগাইবিরে। স্নামহীনা মপাবুং সোরারেন্দা বাকংলবদা সোরারেনা লাইরেম্বী নিংথিজরবী অমা পুরকতুনা পাখংবগা সাম্নহন্দুনা থম্লে। সরক অহুদা স্নামহীনা লোইনা সেম সাদনা সোরারেন্দা কংসিন্লে। মকখ মকম নাইনা লোইনা হৌহনখরে। তাইবং মী সেম্লকপদা তামু, হৌই অমম্বুং য়োং সেম্লে। তাইবং মঁদি শেম্বা ওমত্রে হায়দনা স্নামহীনা মপাবুং সোরারেন্দা অমুক্তা বাকংলে। সোরারেনা মহাক্তী মমি য়েংদনা সাও হায়দনা য়াথং তৌরে। সোরারেনগী মমি য়েংদনা স্নামহীনা অমমুক সারে। সোরারেননা চুপে হায়দনা লৌশিন্লে। মথৌবাই হাপচিন্দুনা "মী" হায়বহ ওইহল্লে। মী শাবগী থকলে থৈবে হায়হুনা 'মী খরোবা' হায়হুনা মমিং থোক্লে। মতুং অসিদা পোক্লকপা পুম্নমপু মী খরোবগী শকতমদা ওইরদনা. মী হায়বহুগী লেংদা ওয়বা হায়হুনা লাইয়াম্বা বারেমবে। অমসু অমাগী পুকনুংদগী থোরকতুনা থৈ, ঈশিং অমসু মুংশিংকা তাইনরকপদা পংথগনি হায়নথি। তাইনরকপদা পংথি হায়দনা "তাইবং মী" হায়না খঙ্গ্রিবসিনি।"

অস্থুম্না ডাঃইরং মী শেয়ম্বা মতুংদা মীতৈ কোবা ঈরূপ (জাতি) অসি ওয়খিবগী য়ারী নাওরিদা অহানবা অস্থুম্না হায়রম্মী—"O পাখন্নবা মচা তরেং পোক্লে। খুমন, লুৱাং, মঙাং, অঙোম, খোইবাং খাব-ঙানবা, সরাং-লৈশাংথেম তরেংসি পোক্লে। মহোয় চাক্লেংসি মরেক তরেং থাকনা পানখি হায়রক্না মতোয়সিবু 'রেক' হায়রক্না থংনখি। সোরারেলনা তম্পাক্তা নিংখৌ ওইহনা পাম্মরসি মতম কুইরক্লক্না মচা পাখংববু নিংথৌ ওইহল্লে। স্নামঙ্গীবুদি ভাইবং মীগী থুম থুদিংদা নিংথৌ হাপলে।"

মথক্তা পনথ্রিবা পাখংবাগী মচা তরেং অসিমু পুন্না মীতৈ কৌই। রেক তরেং থারক্না লৈখিবা মখোয়সি মীতৈনি। মীতৈ হায়বসি লৈপাক অসিদা হৌরকপনি, অতোপ্পা মফম অমদগী লাক্না খুন্দারবা নত্তে। হাকম অসিগী মরিদা লাইনিংথৌনা হায়রম্মী — "+পাখংবদগী হৌত্না হৌজিক ফাওবদা মীতৈ লৈপাক্তা মীতৈ নিংথৌ পাল্লকইবসিনদি লৈসেম্লকপদগী হৌদুনা মীতৈ লৈপাক্তা মীতৈ লৈরক্কি হায়বসি লেংবা য়াবরোইদবা বানি। অদুনদি মীতৈ লৈপাক্কী মীতৈ শায়রিবসি, নোংনা মফম অমদগী লাকতুনা মীতৈ লৈপাক্তা গুন্দারবা ওইরোইদে।"

মীতৈ হায়বসি মী+অতৈ হায়বদগী থোকখিবনি। মীওইবা কাংলুপকী মখুংদা তোপ-তোপ্পা মী কাংলুপ অমনি হায়বনি। মীতৈগী শংলু-তোং থিংলৈ নাইরে, কোকী তুপ্পা, শঙ্ক-তু, ঈবাং, লোল

O ঐগী বারেং (লাঃ ৫)
+ ঐগী বারেং (লাঃ ১)

অমসুং ময়েকুচিংবা অতৈদগী তোপ্পী, তোংডাগ্নি। মীওয়বগী মপুংদা ঈরূপ ( জাতি ) থায়নপ্রিবসি মখোয় মখোয়গী মনাৎ অহুননি ; অহুনা, তোপ-তোমা ঈনাৎ লৈজরিবা মী কাংলুপ মীতৈবু মীতৈ হায়না কৌবনি।

মীতৈ ঈনাৎকী মপুংদা লৈরিবা লাইনিং লাইশোল, লাইথৌ, হয়াও-কুম্ম, ডগোই-ঈশৈ, যুমলৈ-কৈরৈ, শান্ন-থোংনবা অমসুং কিজেৎ-চাকচা অসিনচিংবসি লৈবাকমচা তাবা ঈরূপ ( জাতি ) শিংগী মপুংদা শিংথানবা য়াবা ডাক্তনি। মহুনা মরম ওয়হুনা, মীতৈ কৌবসি মপুং ফানা লৈবাকমচা তাবা ঈরূপ অমনি হায়না হায়জরিবনি।

মীতৈগী ওয়বা লৈশেনগী বারী লৈরিবা, তাইবং মী শেনগী বারী লৈরিবা, মীতৈগী কংলৈরোল (বেদ), পূয়া (পুরাণ), পুদিল ( সাহিত্য ), লাইচৎ ( ধর্ম ) অমসুং চৎনবী কয়া ফিদয়কম ওয়না নিংথিনা লৈরিবসি, মীতৈনা মতিক ময়ায় লৈবা মীতৈ লৈপাক অসিদা হৌরক-শাৎলকপা ওয়বনগীনি ; লৈপাক অসিগী মতিক ময়ায়না ওয়হনবনি। মকম অসিনা, মতিক-ময়ায় লৈবা ওয়রমমরুবদি মীশিং য়ামরুবা মীতৈনা ৬সি কাউবা হিংহুনা লৈবা ৬মমলোইদবনি। অহুনা, মীতৈনা হিংলিসি মকম অসিননি।

মকম অসিগী মহী-ময়ায়না লৈপাকসিগী পোৎথোক কৌ-চেং, য়েঙ্গাং-নাপী, হৈ-লৈ, উহৈ-বাহৈ, উচেক-বায়া অমসুং শা-ডানচিংবদা অতৈগা যামদবা মহী-ময়ায় চেনবদগী মীতৈগী হায়বা মমিং অমগা কোয়না শিংথানরি। অহুনদি লৈপাক

অসিগী খুৎইদগী মরুওয়বা পোংথোক মীতৈ হায়বসি তোপ-তোপ্পা মহী-ময়ায় চেনবা ঈরূপ ( জাতি ) ওয়কম থোক্রা ? মীতৈনা মহীময়ায় চেনবা ঈরূপ ( জাতি ) অমা ওয়রবদি মীতৈগী শাগোন্নরকপা লৈচং ( ধর্ম্ম স্নু অৱাংবা থাক্নী ওয়কম থোক্রা ?

মীতৈ লৈচং ( ধর্ম্ম ) কিদম্বুকম ওয়বা অৱাংবা থাক্নী লৈচং ( ধর্ম্ম ) অমনি। চহি ২০০ রোমগী মথক্তা হিন্দু ধর্ম্মনা মাংনবা, শিননবা হোৎনবদা ওমদহনা হিংঃক্রবনি। হিংগ্যপা ওমগী পাঙ্গল অমা লৈরম্লিবসি মীতৈ লৈচং ( ধর্ম্ম ) না মরু চংবা ওয়বদগীনি, নত্রবদি ওমমলোই।

মীতৈ লৈচং ( ধর্ম্ম ) দা লাইবু উমংলাই অমম্বুং মুমলাই হায়না অনি থোক্লা থাদোকই। অনি অসিবু মীতৈনা কিনা, থাজনা অমম্বুং লুনা নিংঙি। হিন্দু ধর্ম্ম চংলিবা মীতৈনা হিন্দু ধর্ম্ম চংনা চংনা লাই অনি অসিবু থাদোকপা ওমদনা অরুবা লাইনি খংনা থাজনা নিংলি। লাই অনি অসিগী অৱাংবা বাংঙ ( দর্শন ) না মখোয়বু পুন্সুনা থমলি। মসিদগী খংঙি, মহুদি হিন্দু ধর্ম্মনা মীতৈ লৈচং ( ধর্ম্ম ) দগী হেন্দে, মীতৈ লৈচং ( ধর্ম্ম ) না হিন্দু ধর্ম্মদগী ৱাংনহুম থমলি।

মীতৈনা লাইবু মশক মুন্না খংনা নিংঙি। "লাই" বু অইদা ইবুংঙো তথেল্লম্বা বোকুলনা অস্মুন্না হায়রম্মী,— "+মশক মতৌ, মচু-মথেন, চাউই, পিকই হায়বা মীওয়বগী চৌম্না, বাহৈনা

+, মীতৈ ঈনাৎ ( লাঃ ৮ )

কোংদোকপা ওমত্রবা তেংবানবা অমত্তু তাঁইবংপানবা পুক্নিঙগী তৌরককম মক ওয়বা. অাতংকোক মক্ক লিদবা; মতৌগিদি পুন্নমক অসি ঙলাই লাইনা থোকই হায়দুনা লাই কৌই। লৈরমদবদগী লৈরনক্লবগী মরম অহুবুন্থু লাই কৌই ( ইমর্ত্তপ্রামার।"

ভবেন্দ্রগী অহলনা অশুমন্থু হায়রগী.—"O থাজোঙোক খিনবগী 'লাই' অসি থুগাইদুনা যারোন খায়দোকপদি – লা + ই – লাই অসিদগী মরৈগী 'ই' অসি লৌথোকখবদি 'লা' লৈরেকই। লা হায়রোন অসিনা কয়বু খঙনবগে হায়বনু 'লা' অসি লুম্না হায়রগা লদুলাবু থঃবৈ। মাংনা হায়রগা কৌ কোনবা লা কৌরা নঙগা শন্দোকপা থঙবৈ। শন্দোকপা থঙনবা লাদা 'হ' ভপাশিন্নগা লা + ই – লাই হায়রবনিনা— অহুম শন্দোক্নবা মপান পোলেংইখিদবা ( Infinity ) হায়বহু ওইখি। ঐথোয়না থঙগদোবা মপান পোলোইখিদবা পোৎসি ( object ), হৌজিক কাওবদি থঙবা ঙমদবা পোৎ ওয়রি ( the object of a non-sensuous intuition )। লাই হায়বদুদি লেংদ-মাঙদবা অহুম লৈবা ( Eternity ) অমনি।"

অস্তুম্না ওয়রিবা লাইবু মীতৈনা উমংলাই খাম্বুং মুবলাই হায়না অনি থোক্না থাবদোক্লগা নিংভি। হায়রিবা উমংলাই হায়বসি করিনো হায়বগী মরমদা অহল ইবুংঙো ভবেন্দ্রনা

O লাই খুদিল লাপুন ( লাঃ ৩ )

অদুগা হায়রম্মী,—* উ+মং (উমং)—মিংনা হেক উরিবা লেচি পাম্লিবা ভেংবানবা অসিবু মঙতি ( শোঙতি ) হায়দুনা উমং কৌই। মুমিংনা মযোম-পৌরোম ওয়দুনা, থাবী থাবুং অপকপা পুম্নমক্কা লোয়ননা ভেংবানবা লেপতুনা লৈবা য়াঃফি, মরম অদুনা মুমিংপু উমংলাই কৌই।"

মুমলাইগী মরমদা তথেম্না অহলনা অসুম্না হায়রম্মী,—
"+ পুম্নমক্কা মহাক্কা চংদুনা লৈরিবা 'অচংবা নত্তগা মি' ( আম্মা ) অদুবু হকচাংদা মুম ওইদুনা, চংদুনা লৈ হায়দুনা মুমলাই কৌই। তাইবংবু শম্নোম্নবগী হী-য়ায় অদু মচোম্নগী চেম্ঘোরকই হায়-দুনা সনামহী হায়নমু কৌই।" অসুম্নমু অহলনা হায়রম্মী,—
"O অচানবা থওরকইবা পাঙ্গল অদুবু লাইগী অনিংবা অদুনা থওরকপনি হায়দুনা লাই – নিঙ – থৌ = লাইনিংথৌ কৌই। মাগী "হী" না তাইবং শম্নি হায়দুনা সনামহী লাইনীঙথৌ কৌই।"
"× অচানবগী পাঙ্গল ফুদোরকইবা পোৎচাক অসিবু মচোম্নগী মৈ হওদুনা মৈশা কাওরকই হায়দুনা মহৌশা কৌই। মহৌশাবু মচোম্না লাই চঙদুনা লৈ হায়দুনা লাইলৈথা – লাইরৈথা কৌই"
অসুম্না তথেম্না অহলনা লাইনিংথৌগা লাইরৈথাগা থাদোক্কদবা মরি অদু হায়রম্মী।

---

* মীতৈ ঈনাৎ ( লাঃ ৪—৫ )
\+ চৈরাওবা ঈশ্বাইন্থু লাংপা ( লাঃ ১ )
O লাই খুনদিন লানুপ ( লাঃ ১২ )
× ,, ,, ,, ,, ( লা. ১২ )

অন্তুম্না অমুক লৈমরেনগী মরমদা অহল ইবুংঙো ভগেন্দ্রনা হায়রম্মী, —* "মহৌশগী হৌরকপা নৈশা কাওরকই হায়দুনা মহৌশা কৌই হায়রবমা। মহাক্না হৌদুনা শারকই হায়দুনা মা+হৌ+শা=মহৌশা কৌবা অমা। 'মহৌশা' 'মহৌশা' অনিসি পোন্থোক ইনিন মানবরুম, লৈখুনম্ (অর্থ) মানদে। মহৌশা হায়বসিনা সংস্কৃত লোনগী "পরা-প্রকৃতি নত্রগা বিদ্যামায়া" হায়রিবদুনি; মহৌশা হায়রিবা অসিনা সংস্কৃতকী "অপরা-প্রকৃতি নত্রগা অবিদ্যামায়া" হায়রিবা অদুনি। মীতৈশীনা য়াহায় অক্সম অয়াং বানান পোনহন্দুনা তাকই। হিন্দুগী প্রকৃতিনা, পরা, অপরা নত্রগা বিদ্যা, অবিদ্যা হাপচিনদুনা প্রকৃতি অনি শুই হায়বা তাকই। মহৌশা হায়বসি—লাইনিংথৌ, লৈমরেন, মিরেন (ঈশ্বর, প্রকৃতি, আত্মা) হায়বগা মান্নি। মহৌশাবু লৈমরেন সিদবী কৌই। মহৌশাবুনা লৈমরেন হাইথবী নত্রগা শারোন লৈমরেনবী কৌই। পা-পী (পুরুষ প্রকৃতি) হায়বসিদি —পানা ময়োম্নি, পীনা কুয়োম্নি।"

মীতৈনা উমংলাইবু হয়াওই। লাইনিংথৌ লাইরেম্বীগী শক্তম শেম্জেংনা হৈদুনা শারগা লাংলি। হয়াওবা লোয়রগা শক্তম অদু থমদে। অদুগা য়ুমলাইনা সনামহী, লৈমরেন কৌদুনা মিংনা উবা লাই হুমিংকী মশক মাম্না শাদুনা সনামহীবু লাংলি। শাগৈগী পীবা খুদিংনা সনামহীগী শক্তম শাদুনা লাংলি। অদুগা য়ুমুম খুদিংনা মশক নায়না লিংথংদুনা

* লাই খুনদিন লালুপ (লা. ১১)

লাংত্রবস্থ সনামহীগী খুভমদি তঙাইফনবা য়াহুনা থম্মু।
"O ঙুমিংকী থৈশানা তাইবংদা চংহুনা লৈববু স্নামহৌনা য়ুমুম খুদিংদা লৈ হায়না লৌহুনা য়ুমুম খুদিংনা সনামহীবু লাংবরে" অমুয়া ভথেন্নথা অহনবা হায়রম্মী।

মীতৈনা উমংলাই অমস্থং য়ুমলাই হায়না অনি থোক্লা খায়দোকতুনা নিংলিবসি—" + মানা পুম্নমপু চিংশিনহুনা মতোক্না পুম্নমক্লা চংশিনহুনা লৈবা লাই অহুবুনা, উমংলাই কৌই। অকাবা মিংত্রেংদা উমং-লাই (ঈশ্বর, অকুপা মিংত্রেংদা য়ুমলাই (আত্মা) কৌহুনা অনি থোক্লা খায়দোকই" অহল ইবুংঙো ভথেন্নথাবা মথা তানস্থ হায়রম্মী —"* নোং অভিয়াদা উমং-লাই (ঈশ্বর) লৈ। ঙমইগ নায়দবা নোংদোন অভিয়া হায়বমা লৈহৌরি ; মাহুদা লাই (ব্রহ্ম) লৈ। উমং-লাইনা তাইবং শেম্মী; লাইনা অতোং-অরেমদা লৈ। মরোং অমা কোনশিনহুনা ফু-হীং-শি কৌহুনা তোঙানবোয় নিঙথনি, মরোং অহু মাংখিবদা লাইগা মশা অমত্তা ওয়খি। --লাইনা পুমথং থডি। লাইগী অথংবা অহু উমং-লাইদা ঙাক্নোকই। উমং লাইগী মঙান অহু য়ুম-লাইদা তারগা য়ুম-লাইনা নিংসিংই (কুটস্থ চৈতন্য-বেদান্ত)। য়ুম-লাইনা নিংশিংহুনা অমুক ঙাক্নোকই। নিংশিংবদগী ঙাক্নো-রকইবা মঙান অহুনা অহিংবদা (জীব) তারে, মাহুবু ঙাক্নোক্রবা

O মীতৈ ঈনাৎ (লাঃ ১)
+ চৈরাওবা ঈথাইফু লাংপা (লাঃ ১)
* " " " (লা ১)

( আভাস চৈতন্য-বেদান্ত ) কৌই। মাহুবু মীতৈনা পাখংবা কৌই।"

উমংলাই অমম্বুং যুমলাই অনি অসিদা মীতৈগী বাংলবা বাংঙ্ (দর্শন) লৈ। মীতৈগী কংলৈরোল (বেদ) পুয়া (পুরাণ), লাইবা-লাইরোল কয়াদা লৈচং ( ধর্ম্ম ) গী থুপ্লবা ফজরবা মচি কয়া লৈরি। মীতৈ লৈচং ( ধর্ম্ম ) গা মরি লৈনবা চৈরাওবা, লৈমরেন ইপাইফু লাংপা, সনামহী কাংদোংবা, সনামহী যুরাংবা শরোই খাংবা অমম্বুং লাই হরাওবনচিংবদা মীতৈ লৈচং (ধর্ম্ম) গী ফজরবা বাংলবা শকথম কয়া লৈরি। মরম অসিনা, মীতৈ লৈচং ( ধর্ম্ম ) বু শিংথাদবা হায়বসি ওয়েংগাক্তবনি। হৌজিক্কী মালেমদা মমিং লৈরিবা মীতৈ জগোই রাস নৃত্য অসি লাই হরাওবগী জগোইদগী লোংথোকপনি। মসিদগী ঐথোয়না বাকথ অহুম অসি থংডি, মহুদি—

(১) মীতৈনা জগোইগী লমদা বাংডি।

(২) বাংলবা জগোইগী ঔফূং ওয়রিবা
লাই হরাওবা কৌবসি ফিদয়ফমনি।

(৩) মীতৈ লৈচং ( ধর্ম্ম ) গী ওয়বা লাই হরাওবনা
ফিদয়কম ওয়বনা মীতৈ লৈচং ( ধর্ম্ম ) বাংডি।

মীতৈ জগোইতা নত্তনা হৌজিক্কী মালেমদা শিংথানরিবা মীতৈগী লনদি "শগোল কাংজৈ" ( Polo ) অসিগুনি। ফজমনগ্রহুনা হৌজিক্তি মসিগী হৌরকফম মুংরে। শগোল

কাংজৈ শাগবদা মপানগী মীনা উরিবদি মপানগী কজবা অদুত্তনি ; মসিগী মমুংদা লৈরিবা থাংজু (দর্শন। অদুদি থংবা নত্তে, মদু থংলবদি চেল্লা থাগ নরমগনি। থাগংনবতা নত্তনা চৌ-রককম মুরবস্থ ইকাইবা পোক্কৎমগনি। হায়রিবা শগোল কাংজৈ অসিগী মরমদা অহল ইবুংঙো তংজম্বা বোধলনা হায়রম্মী.—"+ খোৎকপদা মুমিংপুদি মুংশানা হান্না উই। তাখিবদা মুমিংনা হান্না তাখি। মুংশা পামন্ত্রিংঙদা মাৎ কৎরিস্থ থল্লদে ; মুংশা পাম্লবা মতমদা মীওয়বনা মাহু উরকই। চাএ খোকপা মুংশাবু তাখিবদা মুমিংনা হান্না তাখি, অদুনা মুংশাদগী মুমিংনা মাতি হায়গুম্বা অমা পান্দম ঙৌনিংই। মুমিংপু অনেম্বদগী খোৎকঅগা নোংদোন খেংনা যাংনা চংখিদুনা অনেন্দা তাখিবা ওয়না উই। অদুগা মুংশা অদুনা মুমিংপু মাংনা তামথিবস্থ যান্নি। মথকী পান্দম অদুম অসিদগী লৌদুনা, পান্দমশিং অসিগী মশক অমুক পুখোকই। মাদুদি অকোয়বা ওয়না উবা মুমিংপু পিকশিল্লা অকোয়বা মতুম কাংদ্রুম অমা শাদুনা মুমিংকী মশক লাকই। লাকইবা মশক লাকইবা কাদ্রুম অদুবু কাংজৈ কাংদুনা খোমদুনা মুমিংনা চৎপগুম চংহল্লি। মুমিংপু মুংশানা মাংনা তামবগুম উরিবদু ; মুংশাদি মুমিংকী মশাগা শাগোটৈ হায়দুনা শা — মশাগা, কোন — কোয়বা, শা + কোন — শাকোন — শগোল হায়বা বাহৈ অমা খোকলে। বাহৈ অসিবু বাহৈ মায়বা পোং অমনা মহুৎ শিন্নি। শগোল

---

+ সক্কোং লোন (লাঃ ৩২—৩৩)

হায়বা বাহৈ অসিগা শগোলগা মাথৈ। মায়বনা মায়বগী মহুৎ শিনবা য়াম্না হায়বা বায়েনগী পখাপ লৈ। মরম অদুনা, শগোল হায়বা বাহৈগী মহুৎ শগোলনা শিন্দুনা, চুমিৎপু চুংশানা তায়বগী মতৌবু শগোলনা কাংক্রম তাহনুনা মতৌ তম্মে।"

"কাংক্রমবু কাংজৈ কাংছমা থোকপা বাঙিবা, শাগ্লিবা অসিগা মায়বা মীওয়বগী পান্নবা হাকথেংননা তৌবা থবক্তী মনুংদদি য়াওখিদবে। বাংবা শানবগী মরমদা কচেঙই ( Ex-celent ) হায়না লাওবদা মাগা পাবিনবা লৈখিদবে। থোক-থোকহনুনা শানবদগী মথৈদা, মীচং কাগুপ লেপ্লহনুনা, পাঙ্গল চল্লহনুনা, শাংবগী মথোং শেমদোকখি। চুংশাগী মচুদি তরেৎনি হায়দুনা চুংশাগী মছু: শিংদ্রবা শগোল ৭ চোংথোকচুনা, শায়বগী মথোংদা ৭ × ২ = ১৪ না শাম্লখি। মাদু ওসিদা মালেম শিন-থুংনা কাওরবা শগোল কাংজৈ হায়রিবা অসিদি মীতৈগী কুম পানবনি ( Calender )। কালেন লোয়রগা কুম্হী চঙকপা মতমদা শাম্নবা হোন্দুনা কুম্হী চঙে হায়ববু নিংখাংই। মরম অদুনা শগোল কাংজৈবু মেরা কাংজৈ হায়না থংনৈ."

মীশিং য়ামদ্রবা মীতৈগী জগোই অমদি শগোল কাংজৈনা মালেম শিন-থুংনা কাউরিবসি উরগা লাইনিংহল নাওরিয়া ফুলোনা শিংথারগা মীতৈ ঈপা ঈপুশিং অমদি পোক্লকম লমদমবু নিংশিংলকই,—

"+ মীতৈ ঈপা-ঈপুদি সোয়ারেবনগী মচানি
মীতৈ মরূপথিবিকতি লাইগী মচা-মশুনি।"

অমসুং

"O মনা লৈপাক নিংথিব্র মীতৈ লৈপাক কোগনি
লাইনা সেমবা মকমনি অরেপপনি হংগনি।"

মীতৈ অপোই অমসুং শগোল কাংবেনা মালেম্ শিন-থুংবা কাওরবদু হিন্দু ধর্ম চংলিবা মীতৈনা মীতৈবু থাজদে। লাইনা শেম্বা লৈপাক "মীতৈ লৈপাক" পু "মণিপুর" কৌদুনা লৈমিরে; মীতৈবু আর্য্য হিন্দুনি হায়নিংঙি অমসুং মীতৈরোলবু অসুম মাংহনগা সংস্কৃত লোলবু অপেংবা ওয়না থমনিংঙি। পুরমক আস, মীতৈনা হিন্দু ধর্ম লৌরুবদগী থাখল, লোশিং অমদি পৌমা মাংখিবনা থোকপনি। মাংখ্রিবা পুরমকসি, মীতৈনা মীতৈ লীচং ( ধর্ম ) হন্জিন্দুনা মীতৈরোলনা লাইনিং-লাইশোল তৌরবতদা অমুক হন্জিনবা ওয়গনি। মহু নত্রবদি, মীতৈ কৌবসি মালেম থক্তগী মাংখা মুংখিবা শোয়রোই। মীতৈ-রোলনা লাইনিং-লাইশোল তৌরবদি মীতৈ হায়রুবা অমদি মীতৈ লৈপাক পন্নবগী থোইনা কায়নিংঙাই লৈরে থম্দুনা লাইনিংহল নাওরিয়া ফুলোনা থোরাই শোক্রা অসুম্না লৈথারগী—

* মীতৈ মীতৈ হায়বিরদু
মীতৈ লৈপাক পনবিরদু ॥

---

+ হৌনবুং অমসুং লায়বুং ( লাঃ ৪ )
O ,, ,, ,, ( লাঃ ৫ )
* মীতৈ হৌভম বারী ( লাঃ ১০ )

মীতৈরোনবু থাংলবদি
লাইসোনববু য়াল্লবদি ॥
থযোই নৈকোম কায়থরে।
পূক্লিং যাযনা নৌথরে ॥

মীতৈনা মীতৈ লৈচৎ ( ধর্ম ) চৎপা, ইমারোল মীতৈরোলনা লাইনিং-লাইশোল ভোবা হায়বসি লাইগী বায়েন অচুবনি। হিন্দুগী গীতা ( অধ্যায় ৩, শ্লোক ৩৫ ) দা হায়রি,—

"শ্রেয়ান্ স্বধর্মো বিগুণ: পরধর্মাৎ স্বনুষ্ঠিতাৎ।
স্বধর্মে নিধনং শ্রেয়: পরধর্মো ভয়াবহ: ॥"

( মতিক (গুণ) নৈত্রবস্থু ইশাগী লৈচৎ ( ধর্ম ) মা মীগী চংথোক্লবা লৈচৎ ( ধর্ম ) দগী অথোইবা ওয়। ইশাগী লৈচৎ ( ধর্ম ) দা শিজবদি অথোইবনি, মীগী লৈচৎ ( ধর্ম ) দি অকিবগী মশকনি। )

মীতৈনা মীতৈ লৈচৎ ( ধর্ম ) চৎলিবসিগা গীতানা হায়রিবা অসিগা চাৱৈ। অদুগা হিন্দু ধর্ম চংলিবা অমদি খৃষ্টাননিতৌ চৎলিবা মীতৈদি গীতাদা হায়রিবা অসিগী ওন্না-তৈনবদা চৎলি।

লৌরবা মীতৈ লৈচৎ ( ধর্ম ) অসি হৌজিকৌ মতমগা চুনরবা লৈচৎ ( ধর্ম ) অমত্তু ওয়রি। মৈশা লাংলবা হৌজিকী মালেম অদি ইংবা-চিক্লা নৈনবা; মীওয়বা মশেল্ল মুংশি-চায়না হিংমিন্নবা পাল্লম অদু মীতৈ লৈচৎ ( ধর্ম ) দা যাওরি। মীতৈ লৈচৎ ( ধর্ম ) দা মীতৈনা লাইবু মমা-মপা অমত্তুং

মপুঙ্গুয়া নিংতি অহুগা মখোয়বু ( মীতৈবু ) না মচা-মনাইগুম্না লৌই। সোরারেনবু "ইপা সোরারেন", পাখংবৰু "ইবুধৌ পাখংবা", সনামহীবু "লাইনিংথৌ সনামহী", অমস্তুং লৈমরেনবু "ইমা লৈমরেন সিদবী" হায়না কৌহুনা মীতৈনা মমা-মপা, মবুধৌ-মপুঙ্গুয়া নিংতি অমস্তুং মখোয়মা মচা-মস্তু, মনাইগুম্না লৌহুনা নোঙ্কুক্রা চংলি। লাইনিং অসিনা. মীতৈনা তাইবংপানবদা লৈরিবশিং অসি মচিন-মনাওনি, চপ মান্নবনি খন্দুনা তাইবংপানবসি ইমুং অমত্তনি লৌবগা. মংশি-চাংনা অমত্তা ওয়বগী বাখল পুহুনা হিংতি। লৈচং ( ধর্ম্ম ) না পুক্নুনা লৈরিবা মীতৈ খুংগায়না অমগা অমগা খেন্নবা থমদনা হিংলি। মতাং অসিদা পয়বা য়াই, মহুদি হিন্দু ধর্ম্ম চংপা মীতৈনা হিন্দুগী "বর্ণ" খায়বগুম ব্রাহ্মননচিংবা খায়হনা মীতৈ খুংগায়দা খেংবা থহ্নিবসি, লোজিক্কী মীয়োলনা খেন্নবা খঙ্কসি পাম্নরক্তবা অমদি চুমদবনি হায়না লৌনরকপনা মীতৈদগী হিন্দু ধর্ম্ম চংগ্রগনি। অহুগা হাগী মীতৈ খুঙ্গায়গী কিভম অহু অমুক হঙ্জিন্‌কতুনা খেন্নবা থমদনা হিংহিন্নগনি। মসি মীতৈ লৈচং ( ধর্ম ) না পুরকপা ওয়গনি।

মীতৈ লৈচং ( ধর্ম ) অসি কিদয়কম ওয়বা লৈচং ( ধর্ম ) অমনি হায়বসি তশেংবনি। মসিনা অচংবা মক ওয়বা, অকবা মকমদা থাখিবা অমদি মতমগী মরায় পাঙ্গল য়াওবদগী অমুক হিংগেংলকলিবনি। মতমগী মরায় পাঙ্গলদি নোংমা নোংয়গী কনখৎলকলি হায়বা য়াই। মতম অমদা মীতৈ মরূপপু মীতৈ

লৈচং (ধর্ম) চৎলি হায়রূমা ইপোক্রপা, শিখাং থাংরূমা লৈবা মীওয় থরা মতমা অৎনলোমসিংনা অম্মুয়া হায়নরে,—"মীতৈ মরূপনা চৎলিবা মীতৈ লৈচং (ধর্ম) সি অচুম্বদি। অদুবু ঐখোয়দি শিগদোয়বনিনা গৌরধর্ম সি থাদোকপা ওমত্রে। অদুনা ইচাশা! ঐখোয়না শিগ্রবা মতুংদা নখোয়না অপাম্বচু চৎহৌ।" মীয়াই চল্লবশিংনসু অম্মুয়া হায়ৈন — "মীতৈ মরূপনা চৎলিবসি অচুম্বনি। অদুবু অৎল লমনমা য়াস্ত্রিবনিনা মখোয় লৈত্রবা মতুংদা ঐখোয়সু মীতৈ মরূপনা চৎপচু চৎকনি।" অদুগা নহারোলশিংনা য়াস্ত্রিবা অহললোমশিংদা য়াননবা কচা হোৎনরি। মখোয়গী শিংলিদা মীতৈগী ঈ চেনবা হৌরকলি। পূয়মক অসি মতমগী য়াওননা থুংলরবগী থুদমনি। মীতৈনা মীতৈ লৈচং (ধর্ম) চৎত্রিবা মথৈ মীতৈগী য়ায়কবা অমম্ভা ওয়রোই; মীতৈ কৈবসি হিংরোই. কুনাং, চৎনবী পুরমক মাংখিগনি হায়বসি অম্মুম অম্মুম থংনয়রুনি।

হৌজিক মীতৈ থুম্নায়দা ওল্লকলিবসি মতমগী অকলবা শাম্মু য়াওবদগীনি। শাকুসি অতোপ্পা পাঙ্গল অমনা থিংবা ওম্ররোই। মীওয়বদি মতমদা পোকপনি, মতমদা চাউবনি, মতমদা শিবনি। মীওয়বা থুম্নায়দি মতমগী মথা পোনবনি। মতমদি লাইনি। অসিগুম্বা মতম কৌবা লাইগী পাঙ্গল অদু মীতৈগী বায়ী-শিংবুল ক্ষাকতোক্কুনা অমুক্কং য়েংসি। চৌংতু খোংনাংথাবা অহলনা হিন্দু ধর্ম থিংনবা হোৎনবদা, ওমখিত্রবা মতমদা মহাক্না হায়খি,— "ঐহাকী মতম লোয়রে, মতমনা য়াদ্রে।" মতমগী পাঙ্গলনা

ওমবিদুনা চীংগু খোংনাংথাবা অদুল থুপখি। অদুগুবা পাজল কম্নবা মতম কৌবা লাইহু হৌজিকতি মীতৈশী মীচং ওয়না লাকলে। অদুনা; মীতৈ লীচং (ধর্ম্ম) মপুং ফানা হিংলগনি। হৌজিকতি লাইনিংথৌ সনামহীগী মতম ওইরে; লাইনিংথৌ সনামহীনা য়ুম্বুম খুদিংগী নিংথৌ অমুক ওয়দুনা পাল্লবনি।

"লাইনিংথৌ সনামহীনা·যায়করে।

লোয়রে।

অইবগী কোংগ্রবা লাইরিকশিং :—

১। সনাতোম্বী

২। মোইরাং খোইবী থাজবা

৩। রোমিও

৪। কো[illegible]ম লাইরেম্বী

৫। [illegible]রিয়া অহলগী "থাইন্-নাংইন্

৬। মীতৈ মরেক্কী বাখোক

৭। মীতৈ খুন্নায়দা মিংয়েং অমা

৮। মীতৈ-পোকপা লাইনিংহল্ল মাওরিয়া মুলো